পোল ৭ চেও য়েক্রুম । হুই লৈ লইসং । পানা কা লাফোই । হাপঅো । লাথাতী । সুমা চিথেকতা কমলেল থংপাতা । লইঙোইনা চাইঅো । বুভংনা থারা সাঅো । মাথোম ২ সাঅো । কোলয়াই হালনা হুলঅো । মাথকতা পুঙৌমা থাথল থলঅো । কোইমাসুঙ থলঅো । থারা মাথকতা । ককলোংনা থাঅো । কি ১মা থাঅো । য়োং কৗয়াক ২ । সেল ২ । থাঅো । লা লোংনা থাঅো । লুকরেল ৭ সেমঅো । চেও য়েক্রুম হুই লৈ পানা কা । লাফোই লৈসং । হাপঅো । থারা মাথোম ১ সাঅো । কমপী লইয়িথাঅো । সাফুং সাফু ১ । চালপাল ফু ১ । মাসুংতা মথক মাথুম হাপঅো । মায়োই সুনা হাপঅো । ভাম্ব ৫ । খুম্ব ৫ । য়েন ৫ । পোল হালতুনা । থাঅো । লইপাক মাথা থারাকি মায়াইতা । লুকরেল ১ সেমঅো । লা বুপনা থাঅো । লাসেং লালোল ৭ লোলনা থাঅো । চেও য়েক্রুম পানা কা । লাফোই সুনা হাপঅো । সাংফুফু ১ । চাপাল ফু ১ । মাসুংতা মথক মাথুম হাপঅো । ভাম্ব ২ । থুম্ব ২ । য়েল ২ । সিংপোল ৭ । পামপোল ৭ । কাপোং ৭ । সিঙপোল ৭ । থাংখ্বাপোল ৭ । থামেলপোল ৭ । মাঙতা থাঅো । চিথেক ৪ মাতা । লাফু চু বুচিঙই । কিরাল । থাওমই থালঅো । কিরাক-১ । পাঙলপুল ১ । থাওমই ৪ থেংঅো । চিথেক ৪ মাকি । লমলোলতঃ । লোইরুক নাংরুক । সুনা থাঅো । চেও য়েক্রুম হুই লৈ পানা কা মাসিংসুমা হাপঅো । হুনি নালোং থাঙঅো । থোঙচি থোঙয়া থাঙতানা থাঅো ।

লাইসোলতী :-

কাসা নিংখৌ লাইস্লিংখৌ। নোংপোক সরারেল নামুং-পাখো। লাইচা য়ীথাপাখো। য়ীমু খায়োমপাখো। য়ীঙৌ চাংচিংপা। বূল ও য়ীবিপা। বাও ও য়ীথাপা। কালশি চাবি কুইপা। বূলথম চাবিং চিংপা। চিঙও লাইচা য়ীথাপা মাখিংপু। খোংতাইরেল কৌপাখো। মানাইনা খুংকাংচাংচও খং মানা। মাতু লিসিওমা। সমলাং লাথামানা। পুরুম-চাপানে। নবাইপু পুলনোংলাংপা। পালহই সাহইপাপু কুপী-রমখো। হাইনা সোনখো।

# কুম খুতীঙকি য়ীরাং

কুম খুতীঙকি য়ীরাংতী। কাংতা ২। তাম্নু ১। খুম্নু ১। হামেঙ বোইম্নাওম্নুও ১। সাপাতী। তাম্নু খুম্নু রেলনে চেঙ য়েরুম পামা কা। হই ফনকি ১। য়োং ফিরাক ২। সেল ২ : কোনয়াই। ককলোং ১। তিরকতা লইতোই চাইখো। পোংয়াও লাথাতী। আদ ইকি আতু আতুমকনে। লাইসোলনু আতুনে। কথককী লাথা পোংথাগা লোইননা লাইসোলমু সেলগনি।

# ককথি মুথি

হাকতা য়ীমতা ককথি মুথিতারাপাতী য়ীমচিন লোইনা-কোবজো। য়ীমকি ককলাংতা। মহাকতা তায়াপাতী। থা-থিপামা কোকজো। মু আহনপা ১ তা য়ীসিং সোকতুনা। নাংপী সিঙপি। নাপু নাসেন মারোইস্নুনা হাপজো! চেঙ য়েরুম হই লৈ সেন য়াওনা থাজো। নাপী সিঙপি মারোই। সুনা। য়ীসিংমা খিকতানা বোকজো। মামা সেংপা ফিতী য়ীমতা চনহইতে। কোকনাপা পে'ংয়াঙতী। ফু ১। য়োং খুনেং ২। সেন ২। লাতোন ১তা। চীনকতা থ জো। চেঙ য়েরুম হই লৈ পানা কা থাজো। সোনমাপা নাপী মারোই সুনা হাপজো। কোকতা খিঙনা সোলজো। সুমাইতা কোকলাপাকা মাকী আমাংপাতী। হোংথে'বহালজো। কী আসেংপা সেংহালজো। আতুকা খুরুমহালজো।

## লাইসোলতী :—

নোংথো সরালেনজো। নানাইতা। ককথি মুথিতারাপা'ক আসিকি মুমিংতা কোকলাপানে। নানাইপু অরু আপানপা। সনবিনাইলোইপা। আকন অয়াঙপা কুপীরমজো॥ পো তী মাইপাকি মাসেনলে।

## সঙাইসেল মইপী সুকাপী য়াকাপী তোমসোল লাংপা

সাঙাইসেল। মইপুী। সুকাপী। য়াকাপী। তোম-সোল। এমা তারাপাতী। পোংয়াওতী মুংফি ১। সারেং তইথাতাপা ১। কোময়াইপু ১। চেও সওপাই ১। বুচেক লময়েরুম ৩০। সেল ৬০। হুইলৈ পানা কা॥ হুইরম ৭। লইরম ৭। থারাই অ চৌপা পুওনা ৪ পালপা ১। বুত'কি তুম ১। থারাই আতুতা লা লোংন থাঅো; মাথীতা মুংফি ১। থাঅো। ফী মাথকতা চেও য়েরুম থাঅো। সমা হাপঅো সারেংতী মায়াই বুপনা সাংনা হাপঅো। মায়াতা কাপাক থলঅো। কোনয়াই হাপঅো। সেল একনা মানা সাঅো। মামাওতা চেও লৈ হুই পানা কা য়েরুম। সেল হুই লৈ মারোই সুনা থাঅো। মামাওতা তুম ১ য়ুংঅো। তুমতা চেও য়েরুম মারোই সুনা হাপঅো। আসিতী সামাহাকফিনে।

সাতোংপাকি পোংয়াওতি। ফকলোং ১। ফী আতৌপা ১। লা লোংনা থাঅো। চেও য়েরুম ৩০। সেল ৩২। হুইরম লৈরম পানা কা য়াওঅো।

লাথা পোংয়াওতী। মানা তাপামারমতা থাই তইথোক-অো। য়াম চাইঅো। য়াম মাথকতা। ফক থাঅো। ফক মাথকতা লা থাঅো। আতুকা ফী থাঅো। ফী মাথকতা লা লোংনা থাঅো। লুকলেল ১১ সেমঅো। চেও য়েরুম হুই লৈ পানা কা সেল সুও হাপঅো। সাতোংপাকি মামাওতা থাঅো। সাতি পোংয়াওতী তুংতা থাঅো।

## লাইসোলতী :

কাসা নোংখো লাইমিংখৌ । নতকি হেসা কৌপাখো সাকি মাকোবখো নঙপু মাহতোমিতইতী। নামৈপু মামানা চীকনা লইপাখে । নহনা লেহলেপাতী। নাদই বিলেপাখো নামা কাখোকলাপাখো । আপালপানা । মাথকতা তোংলো-পাকা । নামিপুসং থুপতমংপাখো । আপালপাকা মাপীতা লোইনাতানা । তাইপঙ পালপা আলিপু কোইমা চংপাখো । নঙকি চাকচা কমকম তমপীমাপতী। মামৌং নামাই লইখিমো আতইতী । লইকাই লেংপা লইয়ে । নোংকা লেংপা লইয়ে । লইতুলেংপালইয়ে নোংতু লেংপা লইয়ে। আসিবোইতী । মঙকালোইয়ে । আপালপানামিংতী । তমং তাঙ তলতুহিং । নতনা হিংপীলমখো । হাইনা সোলখো ।

পোংমাওতী মাইপাকি মাসেলনে। আসি লোইমাপাকা খোতখিঙখো। পোংমাওতী মিকিং খোইপু তিংখং । সাইপা চাহই। মুতঙ বাতপ ১। মোং ফিমাক ২। হুক ২। মাং-কোক ১। ককলোং ১। মীম মাপুংতো লইপা মীকিমাখই সেল ১/১। সিখিপাসিংকি সেল ২/২। মাতৌতী। মুমলতকি মাপাতা। চই ২ মুংখো। মুথল ২ থলখো। আচঙপাকি কক ১ থাখো। মাথকতা। কীথাখো। কী মাথকতা। সেল আমামপা হাপখো। মাংকোকতা সেল ২ থাখো। মাপালতা থংনা থাখো। মামাতা থাখো।

পু. ১। মীসাইফু মানুংত্ত্ব হাপ্যো। চেগুফু মাখোঙতা থাজো চেুঙ য়েরুম থাজো। খোংলিপা আয়ামপাতী লাইয়েনমী মামুং-পীতা থাখো। পুচিলতুনা থাখো। পোৎয়াঙতী। কইচেল ওমাকী লবরোকনা। নামুংপীকি মামাওতা থাখো। চেঙফু-কিতী। মাখোঙদা থাখো।

লাইসোলতী :—

থুই য়িথুইমি। চুচা নে নে। হাইনা সোলখো।

মীসিলকম মামাঙতা সোলপাতী :—

কাসা নিংথৌ লাইয়েমমা মামুংপীখো। নঙনা আকাপা খুংতাইপা মায়ামমা মাপুনা চালপা ফুপীখো॥ আহুম সেলখো।

# লৈসো সোবা থুম সোবা

ফুরুবা মানুংত্তা থুম সোপা লইসো সোপা ২মাতী আমা-ছ্যনে। পোৎয়াঙতী। কোয়াইপু ১। য়োং কিয়াক ২। সেল ২। চেও য়েকম হই লৈ পানা ক্সা। লৈসং। হই মুরুম নাইপা লইসৌকিচুঙ থুমকিচুঙ ১ তামে। তাম্ব লাপা আঙৌপা ৩। থুম আঙৌপা ৩। ৪ তেংনা থায়া লাখো।

লাকোই থাবা ঃথকত্তা চামোংনা থাজো। য়োং মিথাক লেন কোনয়াই থাজো ॥ লাসেং লারোল ৭ থাজো। চেঙ য়েক্রম পানা কা মারোই মুনা থাপজো। হই লৈ থাওজো। থাবা মাথাংতা লাসেং লালোল ৭ থাজো। চেঙ য়েক্রম হই লৈ পানা কা মারোই মুনা য়াওজো।

## থাকোংতী ঃ -

কাসা নোংখৌ লাইরেম্বামাজো লোইমু খুমপীজো। তাঙচা সমপোকতাপীজো। খীলেন থানাইতাপী। লইমুং চিঙ্গিপী পীদ্রিংমু মাইরেং হওপী। নঙনাইপু। য়োকপীকে। হাইতানা লাকপীরে। মানাইপু চাকলন কুপীজো। হাইনা সোলজো আসৌপা খুম আতুত্তী খোংতুনা চাজো। খীমখুকি মাসেলনে।

## লৈসৌকি লাইসোলতী :—

লইরিংলেন আপোকপাজো। মাহাংকফি। মাথিংতী। লইচৌক সাংগা কৌপাজো। মঙকী চাকচাতী। আসিমে। লইকিংলালেন লাইজো। চঙকরোইমে। লাইরেল মঙনা তাথোকললকজো। লইপুরেল মঙনা পুথোকললকজো হাইনা সোলজো।

## ভৎনাবাগী ঈরাৎ

ভৎনাপাকি য়ীয়াংতী। পুথম ২ তা। লাঙোল ১। ১ থাঙো। চেঙ য়েরুম হই লৈ হাপথো। লাকোই লাকাং চঙথোকপা ১। পান্না কা হাপথো। লা যুপনা থাঙো। লোংনা থাপাতী। লপমাথাঙা থাঙো।

### লাইসোলতী :—

মাথাঙা হুবিং থাপু ভৎনাপাঙো। নঙকি চাকচানে। ক সা নোংথো লাইয়িংথৌ। লইপাককি কোয়োঙতী। লইতা-য়েংপা কোয়ে। নোংথৌকি কোয়োঙতী। নোংঙারেং ভয়েংপা কোয়ে। কোয়োঙ ২মাকি মায়কতা। আঙাইয়েলমা কমদৈ হে আঙাইয়েলঙো। নঙনা হুয়িং থাপাপু ভৎনা হংলহুনো।

আহুম হাইনা সোলঙো। আয়ুক লোংসোইয়াপাকা। মাহুপাঙাপীঙো। চাপোকপাহুঙ। য়ীম সাপাহুঙ আহুম তোঙো।

## লৈথোঙ লৈরাই কাইপাকী ঈরাৎ

লইথোঙ লইয়াই কাইপাকি য়ীয়াংতী। চীসিংপুল আহলপা ১তা। আয়ুক ঙলনা সোকঙো। লা যুপনা থাঙো। হইরুক হাপঙো। যুচিমই য়াঙোল আকাপা ১। কিয়াল আঙৌপা

১ থেংঅো। রাইতইঅো। য়ীসিং পুল থিলঅো য়িমকী য়িম-পীরেলতা রাইতইঅো। য়িমকি কাললতাসুঙমে। য়ীসিং সোকপাংতী মিংসা হোলকুনো। চিথেক ৪ মাতা। রাই তইঅো। লাফু ৪। চু ৪। রংচিরা ৪। কিরাল ৪। থেংঅো। হইরুক ৪ সেমতুনা। থাঅো মায়াইতা সোলঅো।

## লাইসোলতী :-

চিথেক ৪ মাতা। চকমারিংপাঅো। তাংমারিংপাঅো মুংমারিংপাঅো। কেনতওঅো। নওকোষ্ট ৪ মানা লইখোঙ লইরাই কাইরাপাতী। চেংনা তাকঅো। য়ীমমাংতা হাই-পাতী তুরারিংপাঅো য়িমনীঙতা। তুমামাহারাপা। নওতী মোংসীং মোংহুম চেং-া ঙ.কঅো। থোংপুলকেল লইচি লপুল চীপুরলোল। নোংপোক লইক্তোংহুক। তোংহুকপা। লইপাকফি ফামফা। কাচিলঅো। মাইপাক মাইপাংহলপা। লইকা লেংপা। তোঙঅো আসুম সোলঅো। নানাইপু তাফপা ফুংতাইপা কুপীরমঅো।

থারোইনা তাপাকি পোংয়াওসুঙ থোঙখিঙ পোলোনকি-সুঙ সাঙাইসেল তাপাকি পোংয়াও অতু মাসেলমে। লাই-সোলসুঙ আতুনে। থওঅো।

## লমথি রাইথীতা য়ুম সাবার্গী য়ীরাং

লমথি রাইথীতা য়ীম সারাপাতী। মাকি য়ীরাং পোং-য়াওতী। হওতোঙ আমুপা মাকোক ১। হুই আমুপা মাকোক ১। য়োং মাকোক ১। সামু মারু থুচিন লইকাপ ১।

নোংকাপ ১। থাঙচৌ ১ চাহাও মাঙথাওকি য়াইয়ু। থাচম য়াইওঙ য়াখু। হোংলু। থাঙসা মুমিংকী য়োংথি। ফৌকাকক্লি চেঙ। য়েরুম ৪। সেল ২৭। হুই লৈ পানা কা। চিথেক ৪মাকি পোংথাতী। হওতোঙ মাকোকতা। নোংকাপ নাচিং-পাংপা। মায়ালপা ১। হাইরিপা অসি খৈপীকপু। নোং-পোক লমতা ফুমঅো। হুই মাকোকতী। লইকাপ মাচিয়ান পাকা। মরোই হাইরিপা আতুকা। নোংচুপ লমরুংঅো। য়োং মাকোককা। থাঙচৌ ১ কা। মারোই হাইরিপা খৈপীককা আবাং লমফুমঅো। সামু থুচিনকা। লইকাপ ১ কা মারোই হাইরি খৈপীককা। থারম ফুমঅো। মাকোক মাকোকতী। নোংপোক লম য়োনথোকঅো। চিথেক ৪ মাতা। চেঙ য়েরুম হুই লৈ পানা কা থাঅো সেল ২/২ হাপঅো।

## লাইসোলতী ঃ—

হাই লমথিঅো। নোংলই থিঅো। লইনিন সাথোঙ-পাঅো। মোংনিল সাথোকলকপাঅো। লাইনিংসা নঙপু থোকফালোই। নোংনিংসা নঙপু থোকফালোই। লইয়াংরাং নঙপু লাংকালোই। লাইফায়েংপা লইয়ে। নোংকা রেংপা লইয়ে। লইতুরেঙপা লইয়ে। মোংতুলেংপা লইয়ে। লইপাক মাইপা হলপা নওয়াথংমে। হাইনা সোললাপাকা। য়ীমকি কাললতা। য়োং ফিয়াক ২। সেল ২। চেঙ য়েরুম লাফোই পানা কা থাঅো।

# ঈশিং চাইপা য়ুরাঙপা

মৗসিঙ চাইপা য়ুরাঙপাকি পোংয়াওতী। রে বনা। য়েলনাংসুঙ লাংকায়ে। হুইরুক ১। চাকলুক ১। সাফুংফু ১। চাপালফু ১। মাসুং মাথাক মাথুম হাপঅো। মৗরাংপুল ১। কোনয়াইপু ১। য়োং ফিরাক ২। সেল ৫। চেঙ য়েরুম হুই লৈ পানা কা। লাফোই লাকাং ১। কমলেলকি লপলেল কাতা। থাথল ২ থলঅো। চুঙথাঙ ছেলতা য়ুংঅো ফংলচৌ ১ চামতানা থাংঅো। লা থাঅো। লা মাথকতা ফী থংঅো। কোময়াই ছলঅো। য়োং ফির ক ২ সেল ৫ থাঅো। লাইয়িংথৌ লাইরেমমাবিত মক। সুপীকি কী থাঅো। নিপ কি ফি থাঅো। লৈ ছলঅোই য়েং নাইনা ৭ থাঅো। পানা ক থ মো। সামুক মমাংতা লা ১/১ তপঅো লালেং লংলোল ৭/৭ বুপনা থাঅো। চকলুকতা চেক য়েরুম হাপঅো। হুইরুকতা ম বে হ সুনা হাপঅো॥ সাংসুপীসুঙ হাপঅো। হুইরুকনা মৗমমৗঙ থংঅো। চাকলুকনা মৗমমাঙ থংঅো। মৗসিংতা লাই কৌথংনাপাতা। লাঙোল ও কাললনাতুনা থারোম য়োমঅো। চেঙ য়েরুমতী মাচিন থুথাইঅো। কোনয়াইপু ১ হাপঅো। লাংথালই মাপোপ ৭ থেংঅো। নমথৌ ১ পুঅো মৗসিং সোকলবঅো।

## লাইসোলতী :—

লাইখ্রিংথৌ থোংনাং লিসীঙচাইপা। লিসীঙ চা ১০ চাইপা লাপা মইতিংঙু সেলপী কাপোমপা। পললেম মামা য়োইপু ফিংপাঙমপীনা মোংপা ফিমলেলজুংতা। নাওপেংকাপ মা নাও-পেংতে। সঙকাই কোমলোইহুংলাংচালতা নাওপেংকাপামা লাওপেংতাপা। কংলা থোম ৭ তা নাওপেংকাপাম্মা লাওপেং-তাপা। য়োইরে সঙমামুংতা নাওপেংকাপামা নাওপেংহাংবা। লাংসেঙ সঙলাংমইতা নাওপেংকাপাম্মা নাওপেংতাপা। সাসঙ মালিল কাংনা নাওপেংথিয়ে। তোংচেং কুমাইহুংকি। চুঙকোয় থাঙসাংসা নাওপেংথিয়ে। লইচা য়িত্ত কুমনা। মাধিংপু। য়িথাইচাইপাঅো কোয়ে। লায়ইমা হেনলোই ৭ মানা। সানতোংলময়ে। মীরাঙ চাইপা কোয়ে। খোইয়ম লিসিঙ চাইপাঅো। কাওয়েল সলমাপা তেঙপী অোকলিংপীপাঅো মাংলই তাঙপা হুই তমলিপাঅো। মাচেঙ কাইমই য়েলপোকপা কাওয়েল সলপোক তমলিপা। খোইয়ম কাওলেল সললামপা নঙপু নামাইনা। লুকলেল পমনাহামা। থাপথোং মাইথঙ-চাপকে। হাইপাকিপু। নঙপু আসিক কঙইমিংমাতা। কালম-লাঅো। সিঙলেল লৈরাল চিললকয়ে। চামলও লালালচা-মকয়ে। লাইখ্রিংথৌ লিসীঙচাইপাঅো। মীরাঙচাপ অো। কামকঅো। হাইজনা। থেমথংঅো।

লাতোল পনা থুনেংনাঅো। নাহোংলানা থাঙ্গাকোলমা পুথংলকঅো। মীরাল মা আতুনা। মীসিং ৭লক চাইলো

লাংথালৈ থাপোম ৭ মানা থেংখংমো । থাঙমই পুনক্ষানমো থুম ২ সারীক খিংমো । কাপোকনা লমলোইমো । থুংলাপাকা । লাইতী । কী মাথকর্তা থবমো । নমথৌতী মাথুম থুমতানা । মইপা চীঙমো ।

## মইপা চিংপাকি লাইসোলতী :—

পীসমস্থুনা সমলও মইমো । চীঙখেংও পোইরোইমোলনা থুলথোক মইমো । পোইনাওতানা থুলকাও মইমো । রাইরওপীনা রাইরও মই । সমলংপীনা সংলও মইমো । লাইরিংথৌমো । মই পীনামো ।

হাইমা সোলমো । মইপাচিংমো । মইপায়েংমো । চাপালক্ষু থোংখংমো । লাইসোলতী আসাইকী আতুমা সোলমো । সায়ৌ সিংথুম হাওমো । রুহা ৭লক হাপমো । চাক অমুলপা হাপমো । হইরুকতৈ আসাইকী আতুনে । লাই লোককুনো । লাইসোলতী আসাইকীমা সোলমো থুরুংমা পোংলোকমো । কীনা লাই কোলচিলমো । লাইসোলতী । সলমীনাইমী কীতপ কীতাই । কোরি সেলচাও । পুথম নাতী য়োংপু তমপু কুপীরংমো হাইমা । কম মাসুংতা হুলচিলমো মইতী । নিংসানা কামকুনো । আন্দিনে ।

## মইপা কমতা য়ুয়াংপা

মাইপা কমতা য়ুরাংপাতি কাল ১ চামথোকমো । লা থামো । নমথাঙ থাবল থলমো । য়োং কিয়াক ঃ সেল ২

থাখো। লাইরিংথৌ লাইরেমমাতা। লইহুল ২ হুলখো। সামুক লুকলেল ১তা লা বূপনা থাখো।

লাসেং লালোল ৫ থাখো। সিংথূম থোইতিং কাংলুপী হাপখো। লাংথারই মাপোপ ৭না য়ীসিংতাকি থেমখংতোনা য়ীর'ল সেল ২ মাতা য়ীসিং ৭ লক চাইখংখো। মমথৌ থৌতি মাথাতা থমখো। থাওমইপীনকানখো। চেঙনা লম-খো। লাইতী য়ীসিংতাকিনা হোংনা পুখংলকখো। মইপা চিংতুনা। তামু ৭মাতী তোঙপোহ মাঙুংতা হাপতুনা। মই-রিতা হাইতুনা সিহালখো। তারৌমিতৈতা নিংসা কামকুনো হুলমাইনা হুমখো। থূমলুঙ মইতা য়ীকখো। সিং হাপখো মুহা ৭লক হাখো। লাইসোলতী। আসাইকি মাসেলনে। সোলপা লোইমাপাকা লইকি কোলচিলখো। লইতী কোকতা চিলখো। লুক তংখো।

## বা লোঙপা লাফুলোঙপা বূমিং বূতাং সোপা

বা লোঙপা লাফু লোঙপা বূমিং বূতাং সোপাকি। থৌ-নিতী। চেঙচৈগ য়েরুম, হই, পানা কা। হইপাল লাপাল। য়োং ফিরাক ১। সেল ২। তামু ২ য়েল ২। খুমু ২। ধুপনা ৭। বাখোইমাপাতী। মাথৌঙতা বাহ তহখো। কোনয়াই হুলখো।

**কোনয়াই লাইসোলজী :—**

মাকী লমপু হালনা সোলখো। লমনেমপু ২ থকখো তুনেমপু ৩ ৎকখো। অমপাক, লইমুলোল, পুলোল ৭ য়ংখো লইহাওলোল পুলোল ৭ মাখো। হুপলাকা হায়াকা থিংখোকা কোনজেকা সলপলকা। পোকলিপীখো। সাংলিপীখো। আকু আয়েলপীখো। সাকুক লাঙাংকা। সায়ু চৈ.য়াংকা। সুরোক পাইপঙকা। থাইয়োই য়ূপেঙকা তাঙোংলিং নংঙ-সঙকা। য়োংমু য়োংসেংকা পোকলিপীখো। আকু আয়েল-পীখো। চ'চাককা চাহাওকা। মরাসি মাঙয়েমতোলকা। ফৌরইমা ফৌনিংথোকা। পোকলিপীখো। আকু আয়েল-পীখো। চাচাককা চাহাওকা মরাসি নাওয়েমতোলকা ফৌ-রইমা ফৌনিংথোবা পোকলিপীখো ; আকু আয়েলপীখো সায়ীকা কুহিকা। য়ূপলকা। লোঙকা। পোক-লিপীখো। চঙবি লামুং লায়াংৎ লাকা। কাইবং থুনয়োম-লাকা পোকলিপীখো। লীয়াকা লোংতাকা পোকলিপীখো। হাইমা সোলখো। কোনয়াই হুলখো। লোংলিপা থৈপীকখী অ সুম থোখো।

## মাকুনা য়ুমদা চঙবা

মাকুনা য়ুমতা চঙপাকি। পোংয়াওজী। য়ুংকি। চেঙ য়েরুক হই নৈ পানা কা। আশিজী সাতোংপাকিনে।

মাকু মাহাককিজী। কৌচেঙ হাওখো। তাথা আচিং।

চেঙ য়েরুক হুই নৈ প্যনা কা। মাকু য়ানানাবা থাও ১। য়োং ফীরাক ২ সেল ২ ল্যাফুং ১। কোনয়াইমু ১। তুম ১ তা নৈ খাবা হাপঅো। খারাই লানা ৪ পাল্পা সাতোংপাকি তুন১। খারাই ১। মুংকী ১। থাঅো। চেঙ য়েরুম হুই নৈ পানা কা হাপঅো। মাকুঙী সাতোংপাকী মামাঙতা থাঅো।

## লাইসোলতী :—

হে মাকুঅো। নাখিংতী। কুহিং কৌপাঅো। লাহালতা নঙপু। লাইকি য়ুমতা চঙঅোঙমতে। য়োইমোংপানা লাপা য়ুমতা কাতৌপা চঙলাপানো হাইনা।

মাকু মাহাকপু থাঙমা খাইপোক খায়তুনা লাফুং খাবা খায়থোকঅো। ১ বুপনা ১ লোংনা ফুমঅো মাচাকতী। মামাঙতা থাঅো। য়ুমচিন লাপালতা ফুমঅো।

## সাতোংপাকি লাইসোলতী :—

হে লাইয়িংথৌ লইপাক নোংথৌ লইতারিঙইতা। নঙকি সাতোংঙাওয়ে। নঙকি সাতোং সাতোং আসিপু তৌহলকুনো। আফাপা মুংঙাইপাপু কুপীয়মঅো। হাইনা সোলঅো।

## কাকলেলনা য়ীমচঙপা

ককলেলনা য়ুমচঙপা। তোংলাপাকি। মীরাং পোং-য়াঙতী। য়োং ফীরাক ২। যেল ২। চেঙ য়েরুম হুই নৈ

পানা ক্কা থাঅো। তুম ২। থাম্রাই ২। কাকলেলকীতামব সা আহিংপা সাতুম ১ থাঅো। থাঙচি ৭ থোংমাপা লেনঅো। লা লোংনা থাঅো। চেঙ স্নেরুম হৈ লৈ পামা ক্কা থাঅো তুম ১ য়ুংঅো। লাকুৎ ১। থাঙ ১। কাকলেলকি মাম্নাঙতা থাঅো।

লাইস্নোলতী :—

নোংথৌ সোম্ররেল পাথায়োইহেলপাঅো। মঙ্গবি র‍ (সাতোং) আসিনা॥ য়োইমোংপানা সাঃবা সঙ্গসিঙা চঙবে হাইতুনা কাকলেল আতুপু। লাফু ১ থাতুনা। থাঙনা থাই- পোক থাইতুনা ১ বুপনা ১ লোংনা ফুমঅো। মাচাকতী মামাঙতা থমলমঅো। কাকলেল বারকলাপানা। অাফমুং- ঙাইপা কুপীরমঅো। হাইনা সোলঅো। ঙমনামুঙ মাহাথ ২ কংতারাপাতী। লইতালনা মাসকসিঅো। পোংয়াঙতী মাইপাকী মাসেলনে।

থরঙ চঙবা

থারঙনা চঙপামুঙ মথককী আমুম তৌঅো।

লাইসোলতী ঃ—

সোরাঝেল মাচা আহুলপা । মুঙলাং সাকাংথকতা থৌ-তাপাঝো । পানপা কইখোমথকনা নাওনওপাঝো। নানাইপু মঙনা আঙা মুংঙাইপা কুপীমমঝো । হাইঝো।

# ক্বাকনা য়ুমদা চঙবা

ক্বাকনা য়ীমতা চঙপাতী । য়োং ফিয়াক ৪। সেল ৪ খারাই ২। তুম ২। চেঙপাক সংকোম চুহি কাপোক। লাকোই। হই লৈ পানা ক্বা। সাতুম। চেঙ য়েরুম কাপোক হাপঝো। মনিকীতামক চেঙ কাপোক চুহি সলথোম লাকোই পানা ক্বা খারাইতা থাঝো। তাথা তাচিংতী তুম মাথকতা থাঝো

লাইসোলতী ঃ—

হে মানিঝো। ক্বাকপু থৌচিলপাঝো। নুঙকি চাকচা-ঙম ২ তনবিয়াপানে। ক্বাক মঙতী কাতৌপা য়ীম চঙপামো লাইকি য়ীমনে চঙকারোই। হাইপাকি য়ারঙলাপানে। আতুকা থাঙনা। থাইগোক থাইতানা। লাইচিতা। দুপনা

লোংনা ফুমজো। মাচাকতী মামাওতা থমলমজো। চাহৈ-তাপাতী। মাইপানা লওজো। নানাইপু কপরাং তাংয়াংপা আকন আয়াওপাপু কুপীরমজো। হাইনা সোলজো।

## ৬চেক সাক্রুপী মোংপা ২না যুমদা চণ্ডপাগী থৌনি.

বুচেক সাক্রুপী মোংপা ২মা যুমদা চণ্ডপাকি থৌনি পোংয়াওতী। থায়াই ৫। তুম ২। য়োং ফীয়াক ৪। সেল ৪। চেণ্ড য়েরুম হই লৈ পামা কা। কোনয়াইপু ১। থাণ্ড ১! আসিতী। পাকোংপাকিমে। বুচেকফিতী কাপোক মাচল ৭। য়েরুম আমাথা ১। কৌচেণ্ড হংয়ৌ বাহি লৈতি নাপী মাপালমা আহৈজো। চেলমকমতা তুম ৫ য়ুংজো। থায়াইতা লাবুপনা থাজো। চেণ্ড লাং হই য়েরুম হাপজো বুচেকতী থায়াইতা থাজো কাপোক য়েরুম। সেল ২ ফীয়াক ২। কণ্ডচেণ্ড হায়ৌ বাহি হাপজো।

লাইসোলতী :—

বুচেক নণ্ডতী লাইকী য়ীমদা কাতৌপা চণ্ডপাগী আতুকিতাবক নণ্ডপু বারকনাবামে। হাইজো থাণ্ডমা থাই-তুনা মাপালতা ১ বুপমা ১ লোংমা ফুমজো। বুচেক কাহণ্ড-তারাপকী। লুইতায়না সাতুমা জৌজো।

## হংকোকনা থেংকুনা লাইরেলনা হুম চঙলাবাকি থৌনি

হংকোকনা থেংকুনা লাইরেলনা। মীম চঙলাবাকী থৌ-নিনী ॥ হংকোক থেংকু ২ মাকিনী। খরাই ১ তা লা রূপনা থাঅো। কাপোক নাচল ৭। রেকম আমাধা ১। রেকম আহামবা ৭ তা। চেক হাপঅো। লাং থেংঅো। লাই-রেমমতা থাঅো।

লাইসোলতী :

লিলস্থক লিতেংঅো। চিঙলাইঅো। তমলাইঅো। হংকোকঅো নারিলঅো। থেংকুঅো নঙখোইপু মীমতা চঙঅো তমত্তে। লাহালতা খুমল নিংথৌ কোকপাকি। সারোমমে।

আস্থম সোলতুনা পুথোকঅো। মী আরামপানা। য়াননা থিলনাঅো। মাপালতা ফুমঅো। চাকচাতী মামাঙতা থারমঅো। হললকলাপাকা স্থমাইতা চিমফু থোকঅো। নহাকনা সেংপা কী থাঙতী। মাপালতা হুলথোকঅো। আতুকা য়ুকৌঅো।

লাইসোলতী :—

লাইহাংলোল সোলঅো।

# লিলনা য়ুমদা চঙবাগী থৌনি

লিলনা য়ুমতা চঙপাকি পোংঙাওঙী। কমপী ৭ তা। কাপোক হাপঅো। কাপোক আরেমপাঙা। লিল সাঅো। লাতোল ১তা হাপঅো। সেল ৭ লিলকী মামাঙতা থাঅো য়েকম ৭ সেল ৭ হাপঅো। সাপাল মাঙপীতা লেংসানা থমলুঅো। য়েকম আহাবপা ংতা চেঙ হাপঅো। মোইথাপ ৭ পুলঅো। সেল ৭কা লমবেলতা থমলুঅো।

## ঙাইসোলতী :—

মথক্তা হাকোকবি থৌনিঙ' সোঙখিবা ঙাইসোল আতুনো সেলতি মাইপাকিনে।

## সাবিনা য়ুমদা চঙপাকী অমসুং লমবেলদা ওকনবগী

সাবিনা য়ীমতা চঙপাসুঙ। লমবেলতা খোকনাপাঙুঙ পাবি মহাক ফাতারাপাতী। য়ীরাং হাইকে। য়োং ফীরাক ২। সেল ২। ফমফী ১। থাঙ ১। সেল ৭। চেঙ য়েকমনুঙ বামাঙতা লা বুপনা থাঅো। কমফী য়োং ফীরাক সেল ৭ থাঅো। তাফুং থাজো। লুকলেল ৭ সেমঅো।

চেঙ লৈ য়েরুম হই লৈ পানা কা হাপআে। সাপীকিতী খায়াইতা লা রূপনা থাআে। কাপোক য়েরুম লোকলৈ পুলৈ য়াইথু য়ানাও হাপআে।

## লাইসোলতী :—

সাথি নওপু। কাভৌপা য়ীম চঙলবপানো। নওপু য়ীন চঙ'আ ভমতে। আপ্যালপানা পাখোল শিরবপাতা অ্যাল-খিআে। নওপু চঙহৈতে। হাইপাকি বারকনাখানে। লাই পাখং ৭ মাআে সানাইপু আরুম আখম য়ানাভৌভোংতা। নওখোইনা থইখোকপীরংআে। পুকনী নোংসাংপ। চাকলল কুপীয়মআে।

অ'সুমনা সোলআে। সাবিতী থ'ঙনা থাইতুনা। ১ রূপনা ১ লোংনা ফুমআে। মাচাকতী মামাওতা থায়মআে॥

## সাচি সংঙাইনা য়ুমদা চঙবা

সাচী সংঙাইনা য়ীমতা চঙপাতী। মীপু কালখিপাসুও। ' হা.ন। য়ীরাংসুও ১হানে। পোংয়াওতী। ল ফুং ১। ফয়ফী ১। রোং ফীরাক ২। সেল ৭। সুমাইতা লারূপনা থাআে। লুকলেল ৭ সেমআে। চেঙ য়েরুম হই লৈ পানা কা লাপআে। সায়ী মামা ৭ আ আেইআে। লইচেঙনা চেঙ আেইআে। থোনা য়েরুম আেইআে। ৭ মাতা খিলআে।

## লাইসোলজী :—

হে সারোইমাখো। থাক লাওপা থাক সারাওপা। পেংলাওপা পেংসারাওপা। লইসী লাংথাপাখো। মীংহুরাপা হং তোংসা খোইপা লমচা সীওতোং লাংতোং পাইচাখো। নওথোই ৭ মানা। নানাইপু আকনপা মায়ামামাপু নাচাজপা মাতাও মাপীচা খেৎইনপা হেলমাপা কুপীরমখো। সাজী মানানা লা খোইখো। লইচেঙ হাপখো। মাপালজা হুল-থোকখো। লওলৈপাজী মাইপাকিনে। লৌহৈতে। য়ীসিংনা নাহইথোকখো। মীতী কোকথোকখো। আকুকা য়ীমচিমকি সুমাই নিংথৌ আপালপা ও মাপু থাওজলসেমাক থখো। সাক্সু ফংজাপাস্রুঙ। আশুম তৌখো। কীয়োইজী মাইপাজা পীখো। মহাকতী য়ীরুথোকখো।

## উরোকনা উসাইনা য়ুমদা চঙবা

বুরোকনা বুসাইনা য়ীমতা চঙপা। তোংপাস্রুঙ ১হানে পোংয়াওতী। য়োং ফীরাক ৪। সেল ৪। চেঙ য়েরুম হই লৈ পানা কা লাফোই লাফাং ৪। ফু ২। ফীপোনতেম ১ কাপোক তাথা তাচিং। কুমচেংকোবফাই য়েরুম ১। হুম.ইতা লা বুপমা থাখো। লুকলেল ৪ সেমখো। চেঙ য়েরুম হই লৈ পানা কা হাপখো। মামাওজা লাফুং ১ থাখো।

য়োং কৌয়াক ২। সেল ২। বুচেকতী। য়াংকোক ১তা বুপনা থমখো। ত্থা তাচিং কুমচেঙকোককাই কাপোক য়েরুক ফিরাক সেল থাখো।

## লাইসোলতী :—

লাইয়েল তাংতোই য়োইমোংপাখো। য়োইচিঙলেল তমহুইপাখো। তমপাক লোলকোইলালকোই সেমপা। সারোঙ পুঙমাইখাই। খাইচা মীতমপাখো। নঙমা তমপীপা য়ীম আসিতা। বুরোক বুসাইনা খামতনা লাংহৈমা। মুরাইপীনা। তোংফাতানে। নঙনা কোকথোক চামখোকলমখো নানাইপু :কপয়াংপা তাংয়াংপা অকমপা অয়াঙপাপু কুপী- রমখো। হাইখো।

বুচেক মহাকতা সোলপাহুঙ। আসি মাসেলনে। বুচেক খইপীকসুঙ। ফু ১তা য়ীসিং হাপতুনা। তাইয়েল মানানা খিকথোকতানা সোলখো।

## তারেল থোই, থোইপানমথো থোইতোথোই তইরিপা খৈপীকসুঙ মুমথা মহুম শাবগী থোমি

তারেল থোই থোইপানমথঙ। থোইতো থোই রোইমিপা খৈপীকসুঙ। য়ীমতা মাহুম লারাপাতী। মাকী থৌতৌ পোংয়াঙতী। থোইয়েল থাঙ ১। থোইয়াকী ১। য়াং- কোকতা। থোইনা থুপা মাকমতা। কোতাং লীকোম তাতাং

সেল থুম হকৌ মথকতা হাপখো । য়াংকোকতা লা থুপনা থাখো । য়োং ফীরাক সেল ২। কাপোক য়েক্রুম । য়েনলাঙ চাওখোংমাপাল । চুমথাঙ । চোমলাং । ভারম ৭ । সারম ৭/৭ । থোকনা য়েলখো । ভাংখা ১তা য়ীসিং সোকতানা কোতাং মামাওতা থিলখো । খোই মাহ্রমতা। খোইরেন থাঙনা লেনখো । খোইয়া কৌনা য়োমখো ।

## লাইসোলজী :—

লৈচিক্ক থাঙনৌবাখো । খোইয়াংচেং থাঙখুপা । খোই য়োহপাখো । ভানলেল য়ুত্থংপাখো। খোইঙা য়ীমচঙপাখো খোইয়া চাকতাপাখো । খোইফু চাকহোলপাখো । খোই-ভো ককচেংলেলখো । য়োইমোংপাকি য়ীমতা কাভৌপা চঙতানা নাহুম সারাপা । সাকারোইয়ে নাচাক আসি চাতুনা । হল-থিখো । হললকহুনো। মাহুমমে মাচাকনে । য়ীসিংতা তাওথাহলখো । ফুমাহুংতা য়ীসিং হাপখো । কোনমাইপুক্ষাহুঙ হাপখো । তাইরেলনা থিকখো । সুমাইতা লাতোল থুপনা থাখো । লাইকৌ য়োং ফীমাক ২ । থাতুনা । চেঙ য়েক্রম হই লৈ পামা কা হাপখো ।

## লাইসোলজী :-

অ.সাই মথককৌ য়োইমোংপামা তৌমপা আতু সোলখো লনাইপু আফাপা হুংভাইপা আকন আয়াঙপা কুণীরহজো । পোংতী মাইপাকি মাসেলনে ।

# খোইরেলনা হায়িংখোইনা য়ূমদা লৌদা থুরাপাগী থৌনি

খোইরেলনা হায়িংখোইনা য়ীমতা লৌতা থুরাপাতৌ। থৌনিতৌ। য়ুমপী য়ীমহলতা লা য়োমমো। আতুকা ফী আঙৌপানা য়োমমো। আতুকা লাঙোল ১না লোংনা য়োম মো। পাখোম ৭লক পুলমো। বূঙংনা থায়া সাংমো। চিথেক ৪ মাতা লাফু চু বূচিমই ফিয়াল থেংমো। নমলোলতা বূচিমই কীয়াল থেংমো লাঙোল লোংমা লায়েল ৩ থামো। ফৌ ম রম ৭কি চেঙ ৭লক চোইপা। মিংথৌকাপা হুগিংগী থুপা য়েরুম ১ লাফোই চঙথোকপা লাফাং ১। পানা মানা ৭। কা মাতোল খিলমো চোংপা ১। লইসং লাংথারৈ মাপোপ ৭। আতু থৈপ ক য়োমমো। আতুকা ফী আঙৌপা ১মা ১রক য়োমমো। পাখোম ৭লক পুলমো। নমলোলকি বূচিমইতা পুলমো। লাফু ফীনা কোইমো। থাকথল থলমো। থ কথল মাথকতা লা লোংনা থামো। লইহুলমো। চেঙতা মিংথৌকাপা থুপা য়েরুম ১ থেংমো। য়েং মোইনা য়েরুম ২ থেংমো। হুই লৈ পানা কা লাফোই লাফাং হাপমো। থায়া মাথাতা লাঙোল ৭ থামো হুই লৈ পানা কা হাপমো। লইপাকপোবপা থুপা য়েরুম ১ থেংমো। য়েং মোইরম ২/২ থেংমো। চিথেক ৪ তা। লোইরুক নাওরুক মায়োই হুনা হাপমো। খোই মহাকতী। লুথক লুকথা। লোইরুক নাওরোক মাথক মাথা থাই য়াংতানা থুংমো।

রাফোঙপাম্বী ঃ-

কাসা নোংখৌ থোইহিগু নাওয়া সাপাম্বো মঙনা গুরেল মোংপা তুথুল য়ীলনা তংতানা চেনপাকুম। চাঙখোঙ পোই-রইতোলনা মইকুম তংতানা হৌনাথা। চাঙলাং খোইরেল হিকুম আথুমপা আসিপু। নঙনা কুপীরকলে। ননাইপু ১০ চাপী-জো। চারৈ কী কুপীজো। কাসা নোংখৌ লাইয়িংখৌ নঙনা লাহাল নোং সনাচাঙ নাকংকতা তুথাপাকুম তুথাজো। সারা তুপোঙলেল। পোংলেল তুথাপা। নঙনা তংতামা তুথ পী-জো। তুথিংলেল নঙ খিকথাপীরকজো। নানাইং। চেঙ চৌ কাহাপনা হেরুম কাংখিলন.না নিচারাপানে হাইজো।

মাথাকি লাইসোলতী ঃ—

কাসা নোংথৌ লাইয়িংথৌ। ১০ চাসোপা মঙনা। সৌথংলকজো। লাইরইমা পীয়াইয়ু মঙনা য়াপীজো। ননাইপু আকাপা মুংঙাইপা কুপীরমজো।

লুকথক লুকথাঙী। য়ুমপুকিনে। লোইরুক নাওরকতি মাইপাকিনে।

কইনা য়ীমতা চঙপাক্রী থৌনি

কইনা য়ীমতা চঙপাক্রী থৌনিঙী। কুরাওনা কই সাজো মারেক মারাঙমজো। থাঙ ১গুনা য়ীমকি মী আয়ামপানা। সায়াও থাইপোক থাইথোকজো।

## লাইসোলতী :—

কই আথৌপাআে। মওপু ভমলাবানে। হাইজুনা। থাওমা ৭ লক য়ানতুন হলথোকআে। নঙথোইতী। চীনকু মাইতাথোকআে। পোংয়াওতী মাইপানা লওআে।

অয়োক অকন

আয়োক আকনকি চাহাইতী। চাক চাকু ১ থোংআে। য়েরুম ১ হাপআে। ভামু ১২ লওআে। সাতুম লওআে। সেল ১৩। য়োং থুনেং ২। থাওমই ১। চেঙ য়েরুম ৯। লপলেল কাঙ্গা বাইতইআে। য়ামনা কৈতোম ৯ য়াংআে। লাতোল চুপনা থাআে। লুক ৯ থাআে। চাক হাপআে। জিকলমতা আলি হাইনমা। য়েরুম অফুংপা ৩ হাপআে। নোংচুপ লম হায়েং কৌনা য়েরুম ৩ হাপআে। মোইয়াং লমতা। হুয়েংসিং কৌনা ভামু ৩ হাপআে। মাথায়মতা মাসেম কৌনা। ভামু ৩ হাপ আে। মইরমতা। মায়ৌ কৌনা। য়েরুম ৩ হাপআে। লাইচিঙ মাকাপ কৌনা। ভামু ৩ হাপআে। আবাংলমতা মাসিং কৌনা ভামু ৩ হাপআে। কাসা নোংথৌক্কিতমক। চেঙ য়েরুম ৩ হাপআে। লুক ৯ মাতা। সেল ১/১। কিয়াল ১/১। থাওমই ১/১ থালআে। লুক ২ মাতাসুঙ। কীয়াল ১/১ থালআে। সেল ১/১ হাপআে। লাতোল ১তা। য়োং থুনেং ২ সেল ২। মীনহাকতী। খোঙথাঙতা কমহল্লআে। কী মুনো থুপ হুনা। খোঙ থুমহলআে। মানা চানিঙপা হংআে সামুক ১তং থাবাই ৫ মাকীতামক। মা.। লাম্নুক

মাথকতা। লাতোল ১ য়ুংমা থাজো। সামুকতা হাপজো। ঙা চানিঙই হাইরাপাস্থ খোংজো। হই চানীংই হাইরাপাস্থ হই হাপজো। মানা নিঙপা চাহনজো। থরাই ৫ মানা হাঁরাওরাপাকা। নাপীতাখুরুমনাজে সন য়েংনাজো।

লাইসোলতী :—

কাসা নোংখৌ লাইয়িংখৌজো। নহাকপু আসি কৌপাজো। আমমপাকি মসকজো। আহিং আমমপাতা নোংহওপাকি মাচুকুমপাজো। পালকননা পাতামপাজো। আকনপাপু। মাতীক লইতাপাজো নমাইনা। মাচিনজেক। নাফম কমতমপানে। ননাইপু। আকুম আথম। পুকয়েক তৈরাং। খোইপাও বকসাঙতী। তুচুং মালচুং সীঙচিন সৌচিন। কোকপালথোং কারাপা খোমপালথোং নিলজাবা নোংখি লাইমগ হৌবা। খুয়া থমলোল সুপাতী। হাওরে খঙ্গা পাংপারমতা খোইথপীরমজো ননাইকী থবাই হামোইপা মিরেল হামচংপাতী। লইকুমকফি লইমাইমকফি। পামল পুমলকফি। লইচিক ২ লিকালকফি। লইথম থমলিপালকফি। তেংপাক খারোমনোংকি। কাচেং য়োংনিঙতেকপা। তেংনৌ য়োংপালকুমপা। সনা মাচুথাও। লুপা মাঙমহোংপা থাম্বাই হামমোইপা। মিরেল হামচংপা। হুইকুম কঙলিথুরাপাপু। কঙলি খোকপীজো। য়েলকুম পোলতাই লাকলাপাপু। পোলতাই কাঙপীজো। পোইরই লংতাংলাং। মাঙল

লমলাইরালতা। তাঙতা সমপুলসিতাকি। পাইমা মাপুকনুংতা হলচিলপীরমঅো। ননাইনা খৌচং য়াচং নোংতা। য়ি সঙ লমসংতা। য়াইরেক নোংকাইকি। য়ুরাসঙলা আমলপালককি থকনা চানালমপা। নাফুং কৈফুংলককি। থবাই হাকপোই-পাপু পাইমা পীপুকনুংতা হলচিলপীরমঅো।

হে হায়েং কৌপা নহাক আয়াঙপাঅো। নহাবপু পাল-কনপাঅো। নাচু আঙৌপাঅো। আপানবাঅো। হে হায়েং চিংকৌপাঅো। নহাক অমুপাঅো। হামুককুমপাঅো। নাসকনা লেপকুমপাঅো। মাখোনচেনতাপাঅো।

হে মাসেম কৌপাঅো। নহাক আকুমপাঅো। থাংপা-ঙমতাপাঅো। পাংকনপাঅো। বুংমালপাঅো।

হে মারৌ কৌপাঅো। নহাক পাংকনপাঅো। পাংকনই হাইপাকি। নহাক কনথোক্পাঅো।

হে মাকাপ কৌপাঅো। নহাকপু পাংকনপাঅো নিঙ-ল পাক। নামাঙতা থাঙপা লৈতাপাঅো। হে পাংকনপাঅো।

হে মাসিং কৌপাঅো। হে বাহু কৌপাঅো। নারেপ অরাংপাঅো। মাসক আমুপাঅো। নাপুকচাপাঅো। নাপুক পাইহুমকোংকুমপাঅো। নারইপু পাংলপ কৈতোম মারম পাক-পাঅো। নামিং লাওপাঅো। নাথাতাও ১না লইপাক থিংপাঅো। নাথাতাও ১না। নোংখৌকংপা। নাতুতুপুম থুতিঙতা। সারিক থাংপাঅো। খোংথাং ১রকতা। লই-পাক কাইপাঅো।

হে কেতু কৌপা নহাক পাংকনপ'অো। নাচু মেললৈপা নালপাঅো। নহাক লাইকি নিংথৌ থোইথোইপাঁঅো।

আসুম হাইতুনা। য়ীম ৯ মাতা। কেল য়েরুম চাক মারোই শুনা হাপঅো। আসুম লে'লঅো। থোঙথুমযিঙী মাথুংতা পাইগোনা। নিংসা ৭ লক কামনা সোলঅো। য়ীঙা লাইঅো। য়ীঙেল লাইঅো। হইপাল সিঙপাল লাই অো। তুচুং মালচুংতী। আরুম আথমঙী। পুকয়েক ঙইরাংতী থে ইসাও রুলসাও থোইরোং জিলরোংঙী। হাওয়ৈ থানা পাংনা হোইথাপীরমঅো। সুমাইতা মামাই থাপাংনা ৭লক কামথোকলমঅো।।

লাই সোলতা লোইরাপাতী। সুমিং চায়োম ৭মাঅো। হে রাহু কেতু কৌপা ৯ মাঅো। মনাইকি থরাই হামমোইনা মিরেল হামচংপাতী। হুইকুম কঙলিথুরাপাপু। কঙলী থোক কপীরাপাবা। হেলকুম পোং ভাইলাকলাপাপু। পে লঙ ই কাঙপীরাপারা। পোইরৈ লমতা সাং তাঙচা সমপুলসিতা। সুমিং চারোম ৭মা রাহু কেতু ৯ মানা। পুথংলকপাতা। আসিকি সুমিংতা। রোকচারাপামে 'হায়না থোঙপাপ ৭লক থাংঅো। থোঙচিন য়োরাপাতা। মমিং কৌমা। থরাই হামপোইপা মিরেল হামচংপ পু পুথংলকলাপানে। লাকলে হাইনা থুমঅো। লুথুমতা নোংসোইনা থোমঅো। অয়ুক সোকনা চেংঅো। রাহু কেতুঅো। থোঙ হাইহইতে। নঙমা কমলিতৈ আকম আয়াঙপা। লইমা নিংথৌনা চালপী লাপা কুপীরমঅো। হাইনা লেলঅো।।

# থিয়াংলোল লাংপা

থিয়াংলোল লাংপাতী ফিরাল ১০ সেল ৯। রো-ফীরাক ২ সেল ১। য়েলপা ১। চাপালফু ১। স'ফুংফু ১। মাহুংতা মথক মথুম হাপঅো। মীবাংপুল ১। মুখোল ১। য়েংতও বুতোং ৭। মীসিং আচেনপাতা লাফু মাকাকমা মারোল ও অোইমা পোতসাঅো লকুমা নমথাও হাপঅো চিথেক ৪তা ফিরাল থেংঅো মাকই ৪ মাতা ফিরাল থেংঅো থাওনই ৭ থালঅো। লা বুপনা থাঅো। লুক লেঙঅো। কইথেল আহুমমাকি নামোক হাপঅো। য়েলতী লাইমামাওতা থাঅো। লাইমারাও লালল'ওথোলমা হাপঅো। মুহুও হাপঅো। মীথুবাইসুও। চাহলঅো। মাকোক মাকল্ল হাপঅো চাপাল থেংঅো। লাইতাহাঅো। মীহুও চাহলঅো। লাইতাওসুও সা মায়'মপা হাপঅো। মীহুও হাপঅো। মী সুও চাহলঅো।

লাইসোলতী :—

থাক লাওপা মংলাওপা। পেংলাওপা পোংমারাওপা। লইসিলাংথাপা। ফোঙতওরেল সারোঙপা। লাহচামাপী। লাংচাসিতোং। লাংতোংপাইচা। লাংতুং মংথুংতা' সুংইফি তক সিতাপা নামিংতী। প্যাঙ ২ হুপ হাই ৬ চি ৩। আহুল হাইমা সোলঅো। থিয়াঙলোল লাংপাতী লাইয়োক লাইনাতা লাংঅো।

# লনলইমা লাৎপা

লমলইমা লাৎপাডী কইথেল ৩ মাকি নাথোক। মুঙ-চোম থাও। কাডী! খোংলি লাথোই চেও কাপোক চেকাই কি কাং ৭। চেকাইকি ডন ৭। চেকাইকি খুকাংপী ৭। ডিংথৌকি খুত্তোম ৭। থারাই পুঙনা ৪ পালপা ১। ফালা রুপনা থাঅো। পোৎয়াও আতু থৈপীক হাপঅো। মাপী মানা ১ ডানা। নোংসিং সিংডানা। মাত্তোমমা লেঙপাকি মামাঙতা থাঅো। তুম য়ুংঅো। তুম মাথকতা থারাই হাপঅো।

লাইসোলতী :—

খুপাক ৭লক খুঅো। চাকোই ৭লক সাঅো। বা-ফোংপাডী ৭ থো। লাইকমঅো লাইমইকঅো। লাইমই সাংঅো। মেমতাঅো লোইতাঅো। কাসানোংথৌ লাইরৈমা লমপু মাপীঅো। তুসেলপীঅো। তুপু লইমাঅো। লইপু-সেলপীঅো। লমপু লমলইমাঅো। কোচেঙ মারুঙপ। হাতোই কইতংতেংমা। হামুল চারালেংতম নৈপথকতা। লমকনথেইপী। হাইনা পুথোকথিঅো। হামুল ৮মা নৈডানা মংথোঙতা থাঅো। মুপী নিপা থঙলাপাডী। চাকথাক হায়কে থোক ১। য়েল মাতু মারা ১ ডাহু ২। চেঙ য়েরুম। পানা কা ৭ কীসাং ১ ককলোং ১। কমফি ১। কোময়াই পুবা ১। ডাংথা ১। য়ীবাংপুন ১। চাপালকু ১ সাফুংফু ১। বুচিমই ৫। মাকমতা। রাতংনা থারা সাঅো। থারা

মাথকতা। ফকলোং থাগো। ফকলোং মথকতা। ফ, থাগো
ফমকি ১ থাগো। য়োং খুনেং সেল থাগো। নিপা মুপীকি
ফিরোই থাগো। চিথেক ৪ মাতা ফিরাল থেংগো। মায়ই-
তা বুচিমই ফিরাল থেংগো। লইপাকতা কোনয়াই হুলগো।
মাকি লমপু হালনা সোলগো। চিথেক ৪ মাতা সেল ৪।
লাইরেম্মাকি॥ .লুক ৭ সেম্মো। লাইয়িংথৌকি লুক ৭
সেমগো। সেল ১/১ হাপগো লা থাগো। কইথেল ০ মাকি
নামোক হাপগো। চেকাইকি খুংকাপ ৭। চেকাইতম ৭।
ভিংথৌ খুত্তোপ ৭। য়েলগো। চেং লৈ হুই। পানা কা
য়েরুম মারম সুনা হাপগো। সা মুলপা হাপগো।

## লাইসোলতী :—

হে লমপুগো তুপুপাগো। ৭গো। লাইকমগো লাই
মইককগো। লাইমইসাংগো। নেমতাসোইতাগো। ফাসা
মিংথৌ লাইরেমমাগো। লমপু লইমা লমতাকপীগো। তুপু
লইমা তুসেলপীগো। হামুলচারা লেপতমথকতা। কৌচেং
মারুতুপ হংতোই থৈতংলেনা। থোইমা লমকন থোইপী।
মনাইনা নত্তকি লম আসিত্তা লত্তচারে। মনাইপু নত্তনা।
অ.কনপা আহৈপা কপয়াংপা। তাংয়াংপ্রা। কুপীরমগো।
মখামাপীচা থোইনাপা। মাতাও মাপীচা হেন্নাবা কুপী-
রমগো। লোপীকেংপীহুনো হাইপাকি কংচারাপানে।

আম্সুম হাইনা পোংলোক্কখে। মাপাতা সা থাইগীখো মুলনাসুঙ। হিংমাসুঙ তৌপানে। য়ায়ত্তাপানে।

## লাংক্ষম কোকনবা

য়ীম মাসুংতা কংতারাপ তা। ও.কনাপাকি বা চায়কে। য়ীমমাঙথোংতা লালোংনা থাখো। চাতুম ৩ তিংথৌ মাপোম ৩ হাপখো। ম ঙসোকতা লাব্পনা থ খো। লাইরোং মংক্ক কুমপা ১ তিংথৌ মাপোপ ৩ হাপখো মাঙসোকতা লাব্পনা থাখো থ রাবলকি চেকাইনা থুকাপসাত্তানা। মইতা য়ীকখো। তিংথৌ মাপোপ ১তা হাপখো। য়ীমমিঙতা লাব্পনা থাখো লাকোই আথোক্পা ৩ হাপখো। তিংথৌ মাপোপ ৩ হাপখো য়িমমাঙথোংতা নামায় নোংপোক পানা কংখো। য়ীসিং পাংলই ১না মাঙখিলখো। আতুকা মামায় লমথোনচিলপা-পাক্পা। য়ীমুংলমখাঙনচিলখো।

লাইসোলশী ঃ—

ক্ষাপা নিং ২ নিংমি হিংমেলখো। হাইনা ওলক সোলখো।

চাকচা ১। ১ চাখো। তিংথৌ ১। ১ চিলখো। য়ীসিং ঃরক থকখো য়ীমিংতো চামাই মোচুপ পাংখো। য়ীসিং পাংলইনুঙ লোনচিনখো। আতুকা য়ীম মাসুংলম থোনচিলখো। মামিংশী মিথিংথেল পায়াইপ্প কুক কুক কুক।

আছুমলক সোলঅো লাকোইন্দা তিংথৌকা ১/১ চাঅো। য়ৗসিং ১/১ থকঅো। য়ৗমিঙ য়ৗমাঙফি লাকোন থোকঅো। কম মাথাঙা থাঅো আতুকা কমলেলঙা কমঅো। মায়াঙ ঙা চইরুক তংঅো। আতুকা খুকাপপী সাইয়োঙ মাক্ষৗ। কমথাঙা তলথাঅো। আনা আয়েক লৈতে। বালাল চেল-তাপানে থচঅো।

# য়াই লাংপা

সলখোম আহিংপা চেঙ য়েরুম হুই লৈ পানা কা কোন-মাইপু ১। কমফি য়োং ফিরাক। সেল ২২ থাঅো। লাথা পোংথাঙৗ। মাঙসোকতা য়াই হুলঅো। কমফি ফীবাক সেল ২ থাঅো। মাইখোম পুথোকতুনা। কক ফীমাথকতা থাঅো হালনাফি য়াইথোমতা হাপপা ফোঙৗ। লোথোকঅো। লৈ ছল ৭লক হুলঅো। মাঙতা লা বুপনা থাঅো। লুকলেল ৭ সেমঅো। চেঙ য়েরুম হুই লৈ পানা কা থাঅো। য়েলঙৗ মাঙক লেনঅো। য়ৗকাঅো। য়ৗ আতুঙা চুহি থোইহি সলখোম। থায়িলৈয়িপা। লৈপীক য়ালতুনা য়াইচামঅো। আতুকা কমফিতা থাংথংঅো।

লাইসোলশী :-

লইহুং হিপোকপা য়াইপোকপীয়ো। হিরইম'হেো। হিহু য়াইহুপীয়ো। মাহু হেপুংথৌতা চাবক্রুপীয়ো। চইরই ফাকুপীয়ো। লল মী নাইবী কিতুপ কিতাহৈমাপু পীরনয়ো। মাহু হেপুংথৌবা কংচায়াপানে।

যুরুমলাপাক। পোংলোকয়ো। ফৌমিকি ফৌমারম ৭ শী। য়াইথোম মাহুংতা হাপচিলয়ো। আহুকা মাযমতা চলয়ো। য়াইথা খেপীকতা মাঘিং অাসি সোলয়ো।

## য়ীমগী লাই থোনিবা

য়ীমকি লাই নিপাকি পোংয়াও হাইবে। চকফি লাইসম নোংতা। লিককোল মালি কাংতাপা লাইরেমমা কাহুং-পীতা। চাহু ১। সাপা ১। আহোপাতাতাহু ১। রেকম হুই থৈব পানা কা। পুকহুংকি থারো ১। লাকোই ইলয়োং ১। বুচিমই লাহু চু কিয়াল ৪। অাসি থালয়ো। হইনৌ মামা লেংয়ো। কোইনা য়ালয়ো। আয়াইকি য়ুকৌভইকি আহুক্রুমনা থায়ো। থায়োম লাকপাহুও আহুতমযো থায়োম ৫।

লাইসোলশী :—

বাহুংশী মাহুংপাহুও থায়ো। দুকলেল ৫ সেমযো। মাতা ২ থায়ো। লমথাও থাখল থলযো।

**লাইসোনতী:—**

ক.সা নিংথৌ লাইরিংথৌ নহাকপু য়াওপী থুকম অোং-পাঅো। অোকলাপা তোমচংফুমপাঅো। লুমথে হু থ.কাল লেল তারন হওপাঅো। নানদপু ককথোইনালৈপা। তুপী সিতাপা। লাইরেল নাতমপাঅো। তুপী মাথামানা সিয়াপাতা লাইরেল নাক্ষাপাতা। কাললেল মোংসা তারন হওয়াপাতে। মোংথোনা কুরুওথোংলাপাকা। তুপী নাথানা তীওসমপা। লাইরেলনা য়াওনা থাসমপা। থামিংপু মায় হিংচি কোপাঅো। মান্থ হেপেলমামা। নাকুম কুমসিতকাওতমো থা থাসিত কাওতানা। কংচায়কপানে। মনাইপু লওরু চাওংপাক্পা। চাকি চায়োংফাপা কুপীয়ো।

হাইনা মোলতুনা। থুরুমনা পোংলোকাঅো।

# কই নিবা

## (কোং থুরুমবা)

কই নিপাকি পোংয়াওতী। কোমমাইপু ৪ ফমকি ফী-থাক সেল ২। সায়েল ১ সাপা ১। চাপালফু ১ সাফুংফু ১ লাহুংতা মাথক মাথুম হাপঅো। মীলাংপুল ১। চেও য়েরুম হই লৈ পামা কা। চুলি ললথোম থোইহি। কাপেকে

আফাপা। হই মনম নাইপা ১। নমথাঙ থাকথল থলখো ফকলোং ১। ফৌ মায়ম ৭কি চেঙ থুংনা খোকখো। লাথা পোংথাতী। মামাঙতা নমথাঙ থাখল থলখো। কোনয়াই হুনখো। কমফি য়োং ফীরাক সেল থাখো। মামাঙতা লা লোংনা থখো। লুকলেল ৭ সেমখো। ফৌ মায়ম ৭কি চেঙ। চুহি খোইহি সলখোম লাফোই লাফাং চঙতাখোকপা। ফৌরম হই লৈ চেঙ য়েরুম লৈসং পানা কা থাখো। সারেল লুঙ মাঙতা থাখো। চানীঙতা লা রূপনা থাখো। ফৌরম ৭কি চেঙ। য়েরুম হই লৈ পানা কা কোনয়াই হুনখো। কোংয়াইতা লালোংনা থাখো। ফৌরম ৭ কি চেঙ খোইহি চুহি সলখোম কাপোক আফাপা ফৌহইরি। য়েরুম। লাফাং চঙখোকপা ১। হই লৈ পানা কা য়াই হুনখো। চীমমাঙকি ফৌকাঙথাতা। য়াই ফালনা হুনখো। লিকলাইথিঙনা লা রূপনা থাখো। কাপোক য়েরুম হই লৈ পানা কা থাখো। লোককুমো। আতুকা মইপা চিঙখো। মইপা য়েংখো। সকংখো চাক অমুংপা হাপখো। আহিংপাসুঙ হাপখো য়ীহাপখো। ফাপানে।

## নমাঙত। লোলপাতী ঃ

কাসা নিংথৌ চাইহিয়িংথৌ। লাইরেমমা হেমলোই ৭ মাখো। লাহালতা নঙখোইনা। লওতম সিঙতম্পা লওরাঙ-তম্পানে। কোংতাই থলপা কুপীরমখো॥ লাইয়িংথৌ কইরুং-পানামিংহাই হাইকে মোংগী সামোইপী সামোই। বোকপী

সানোই। পেংপী স'নোই হিংকিরিথা কংথু সাঙাংলেন। সারা তুবোঙলেল তুথাপা তুথিঙলেল নঙ "থিকলঙলকাঅো। খুইয়ী ৱ সরিতুচা। নে নে নে।

হায়না সোলঅো। কোং মাতোলতা সোলপাতী।

থাংচিঙনে কৌপারেলনে। চীঙথৈনে। ও মাতীল-নাপা মামিংতী। সা চৌংতীলচিঙলো। কুং ৱ চি কুংচি মপ মপ ফা। লইকু ককলা চিং। খুং খুং মাঙ কাং ল। খুংচি লইনপ কা। লুঙ হুই।

হাইনা সোললো। চাৱীঙতা সোলপাতী।

## চানিঙতা সোলনাপা :—

কাসা নিংথৌ লাইয়িংথৌ। লইসৌ চাসৌ হইরীং কাং কৌ কুমপাঅো। মুমিৎ খুতীঙ সৌথংপাঅো। সামা কোনসৌ-রেল মঙ সৌথংলকঅো। পু তমং তমং সৌসিললপ। অসুম সোলঅো।

সুমাই মিংথৌ অপানপা মাকি পোংয়াঙতী। সারেল ১ সাপা ১। চেঙ য়েকম হুই লৈ পানা কা। লইঙোইনা পাকনা চাইঅো। য়ামনা কৈঙোম সামা মাংঅো। মায়াইতী মোংপোক আপালপাকিনে। লা মুপমা থাঅো। কমলেল-কিতী সরেল মাচাকিনে। লালোংনা থাঅো। লুক ও মাতা

চেঙ মেরুম হুই লৈ পানা কা মাখোই মুনা হাপখ্রো। সারেলতী হামেঙ ময়োইরাপাঙী। মী কংখ্রো। মাঙক কমকুনো। হুই-পীমা সেংকুম সানা লাকহংখ্রো। ঙানা য়েলরীখ্রো।

## রাকোঙপাঙী :—

কাসা নিংথৌ লাইরিংথৌ কুমচৌনকি সেন ভাংথ্রপু। সনা তাঙপল ময়োইনা কমহলপা সমা মীৎ তারেঙ মইরেং তাকুপ-পাখ্রো। সুমাই নিংথৌপু মীঙ ময়োইমাপা। সুমাই নামু-পাখ্রো। সুমাই ভিংথৌ লাকাৎকতা। হেনলৌপাখ্রো। লীকলাপূলকুম তামংপা মামুংতা। নাঙোম যমফমপা সানা মীৎ তারেঙ তানৌপা তারেং তাকুপপা। লাইরিংথৌ সমারেল মচা আহলপাখ্রো। কমরেলকি থাঙলাপুতা ফংলিপাখ্রো। পানমা কৈথোম থকমা নাঙমওপাখ্রো। মুঙনাং সকাল থকতা থৌথাপাখ্রো। লৈসং থেকরাইপা লৈসং থায়োমপাখ্রো। মেললৈ লৈরোংকুমপা আচুমপাখ্রো। নামিংঙী থিংসেং রুম তং নিংথৌ। হং চীঙ মোংপা হং হুপ তং নিংথৌ কৌপা। কাসা নিংথৌ লাইরিংথৌ। মঙসোককি থাঙপুতা। লানা তাঙপল ময়োইনা কমকমনপাখ্রো। নহাবপু কৌপারেল মচা আহলপাখ্রো। লোংলেল লালথাপা। তাথেল লাকচীঙ কমপাখ্রো। মায়াং সাংভোংপা। কোরি সাচই। কাং-পাপু মুপাখ্রো। নামিংপু সানাসং তারেঙ তারেঙ তাকুপপাখ্রো

মাপাত্তাও ৩ মানা। নমাইপু মাপাত্তাও মাপী চাথোইনাপা মায়ামমাপু চানলনাপা। লইমা নিংথৌনা চাংমাপা। পুলসি নোংসাংনাপাপু কুপীহমঅো।

# কইরুওপা রাপারোল

## লৌতাবা

কইরুওপা রাপারোল হাইকে ঃ—

কালেন লওতানাপা মারাম হাইকে।

লাইমিংতৌঃ— সানা লইচিংওাং তিলনিক চিকহং থৌরং।

লৌকি চিথেক নোংসিং লমতা। কাপোক নাচাল ১। য়েরুম ১না। খায়োম লাকঅো। লাইমিং সোলতানা। য়োংথা ১লক য়ালনো। খায়োমদি লইপাকত্তা ফুমঅো: লইপাক ১তা লওথো। লিকলমত,সুং মইরমতাসুং। লইচিত্তাসুং। অানুম তৌঅো। চিথেক ৪কি লাইপাক ৪মাতৌ। মায়াইত্তালনা পুথংঅো। মায়াইত্তাসুং খায়োম ১ ফুমঅো। অতুকি মাথাকত্তা। অাসাইকি লইপাবসুং য়াওনা থংপুল :মা: থোলঅো। লাইমিং অাতু সোলনা থুরুমলমঅো।




থৌমিরোল

ফো হুলবা

লাইসোলতী:—সনা ওাংচিংলেল কৌএ। ফো হুলপা সোলনা ... । চৈহি চাগো কাবানে।

লাইসোলতী:—সনা তিলমাপ হ কৌএ। লৌতা লেকচৈনা সে লগো। মাখিল মারাইখিল কাং চংবা ওমতাবানে।

লাইসোলতী:—মিকুম ছিংচারি তাংথা কোনসোংলল নাং সোখংসকখো। চৈলপি সায়া নং য়াখংলকখো।

য়ৌয়াংতী। চেং খুংনা খোকপা ৭। তিংথো মাপোপ ৭। লাতোল ১ তা হাপতানা। চাকমতা থাখো। কৌতা মাখিল মারাই চংপা ওমতাবানে। থংখো।

## পোইনু লৌতাবা

পোইনু লওতাপাকিতী। কুং কুও চিঁ খুও চিঁ লইনাপফা চিঁ পুংলেল কৌএ। লৌরুংপা রাখ কি মাসিংনে। লওতা মাই চিংথই লহওলনা। খুংতা সুপা থকমলনা। চাহি চাগোংসুং পাংথকমলনাপা ফওপুল ২ পুলখো। আয়ামবা থাওবা লোই-রাপাকা। ফওপুল ২ তো। ১তা তিলসললো। ১তি সোলকু-নো। সোলপা। সোলপামা সারুক ১ থৈকাতানে থওখো।

# পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

১। ঈয়েক ঈপী শকতম
২। মৈহৌরোন সান্নাই থাইবা
৩। হাওরোক কোন্হৌ লাইরেম্বী
৪। মপুথিবা
৫। খুমণ নিংথৌরোল লম্বুবা
৬। থাঙমইলোন
৭। শমজু অমসুং খুদম তৈবা
৮। লাইকাও
৯। নৈমারেল ফুংলোন অমসুং
নৈমারেল নৈচিংলোন
১০। কংলৈরোল
১১। লম্‌তাগী হৌরকফম অমসুং
কেগে কংলৈরোল
১২। মৈহৌবালোম সজাই ফম্বাং
১৩। খুমখোংলোল

লাইরিক মমল লুপা ৪০

লাইরিক ফংফম :—চৌং-তম প্রেস,
উদ্দিপোক মাওরেমখোং ইমফাল